# হৈক্রু হিদোংবা



ইজবা
হিরন্য সনা

লাইরিক অসি অকোঙবগীনি ]

[ মমল পৈশা ২৫

# হৈক্রুহিদোংবা।

"কুমজা কুমজা ওইবকপদা নপুংদৌ ক সনা পাখংববু সাইবা লিকাংথক্লা মের মেন তোংহলও, অতাই ইরাংচেংখ, হৈক্রুহিদোংও, থাগিং মিকোকলও, মানপী হেরোমকাও চৌংখঞ্জ শকাইমানবু মবোং চৈকা কেম্না কংলৈ শা ইতুনা য়োক্ত থকও"

— লমলেন সাকোক।

কাংবল থাগী তেরামাংখাইদা পানবা হৈক্রুহিদোংবা কুমিংনি। ম্যাংৎ আসিনা কুমজা খুদংগী শোয়ফদবা অমাদ তোককদবা অম ওইনা বিজয়গোবিন্দগী মশাইকোন্দা থোরম অম হেক হেক পাঙথোকই। তাইবংপানবদা লৈরিবা মীওইবাশিং অসগী মাগী মাগী কাংলুপকী ওইবা রাখল পরীং অমস্তুং থাজবা অমমম লৈজে। অতুগুম্ব রাখল পরীং অমস্তুং থাজবা অতুগী মতুংইন্না মাগী মাগী কাংলুপকী চৎনবোন-লোনচৎ লাইনৈ অমস্তুং মাগী মাগী চৎনমলুত্তিন অমদি লাইরকচনগী ওইবা থোরম কয়া পাঙথোকনৈ। মীতৈগীস্তু মখোয়গী কাংলুপকী ওইবা রাখল-পরীং অমস্তুং থাজবা অম লৈজে। মাতুগী মতুংইন্না মীতৈনা মখোয়তগী ওইবা তোপশোপ্পা থোরম কয়া অম ইতত্তনা পাঙথোকমরি। হৈক্রুহিদোংবা অসিস্তু অতুগুম্ব থোরম অমনি। হৌজিক হোজকমক হৈক্রুহিদোংবগী মরমদা থবক

ওইনা পাঙথোকপিবা থৌওং কয়াবু এথোয়না চহি খুদিংগী তঙ্গুনা উরি। উরিবা অসিনা থৌদোকনি। থৌদোক অসিগী মরুমদা লাইরকচনগী ওইবা, লায়রোনগা মরী লৈনবা ঋারী শীংবুন কয়া অম শোয়দনা থুপ্তুনা লৈরমগনি। অদুগুম্ব ঋারী শীংবুন অদু লৈতবা অমদি যুমফম লৈতবা খাঙ্গুলকী থৌবম অম ওইরমলাবদি চহি খুদিংগী কায়ফদবা থৌরম অম ওইনা অস্লক কুইনা পাঙ-থোক্লরমলিব অসি পাঙথোকলমলোইদবনি। অদুগা করিগুম্ব কেক লাউবা অমত্তং খোকপদা হেক্রো হাশন্দুনা থমগনবা, হাশনবা য়ম্না কনবা মমাংতৈগী মাতৈ ঈপা-ঈপুশিং ওইবনা হেক্রু হিদোংবগুম্ব থৌরম কয়াগী ঋারী-শীংবুলাদ, তুংগী মচ-মশুশিংগীদমক্তা শোয়দনমক হাশন্দুনা থম্বীরমগনি। তৌবতবু থিংজমদ্রবা মতমগী য়াথং মঙুং-ইম্ন', অম্নুম থোকউ হায়বক্তুনা ঈপা-ঈপুশিংনা হাশন-খেংচন্দুনা থম্বীরম্ব ঈচাক ঈবলশিং অদু হৌজিক্কী মীয়োল অসিগা তোংন-তোয়বা ঋাংপনা চহি মতম কুইনা লমলাক্লখিবদগী মতম কুইনা শিংজন্নদ্রবা য়োংথৌ থাঙগুম, ফদিফরানা য়োমজ্জনা লুবাক তাবু-স্নুংদা মথুম চেংনা খুমজ্জনা চরৈ থুপচানাখবতনি। অদুগুম্ব এথোয়গী ঈচাক ঈরলশিং অদুবু হেক ওইরিবা এথোয়না থিদোক্তুনা পুথোকচদনা লমলানবা কনামা থিদোকপিবগনি। হৌজিক লুবাক তাবু মথুম হাংলসি।

য়াম্না কুইস্লবা মতমগী ঋানি। খৃ: ৯৮৪ শুবদা মনিপুরদা ইরেংব কৌবা নিংথৌ অমা পঙ্গমাই। নিংথৌ অসিগী সনা হাক্তকতা ওস্তোকপা তাইওম্নবা থোথোক অম থোকখি। নিংথৌ মশামক

হৈনা হৈনা চহি ৭ নিংথৌ পান্দবগুম লৈপাক অসি কাংখোং চাইখি। লৈপাক নিংথৌ পান্দবগী কিভমদা লৈবত্তা মত্তুনা লাইনিং লমচঙ্গুম্বু ওন্নৈতেনবা পৌওং কয়ামক্রুম থোকখি অমসুং শিরগা লৈ নাবা তোকহল্লুনা শাংফুম ফুমহনবগী থৌবাং কয়াম্মু তোরকখি। লাংসুম্বা পৌওং কয়া অসি থোকলকপগী চৈরক্তা ওন্থোকপা থোদোক অমনা হৈপোক্লগী কৈ অম থোরক্লুনা নিংথৌ কোম্বুংদা চঙ্গ্রগা হঞ্জুনা পিফম খুজনা মাঙখি। লৈপাক নিংথৌ পুকচেল-থোয়নদা পিন্নদবা, নিংথৌ লৈরবম্বু নিংথৌ পান্দবগুম লৈবা, লাংহানা লমচঙ্গা ওন্নৈলেনবা লকায়বা কয়া চঙ্শিল্লকপা, খাজবা অনগী মথাপোম্ম লৈজবা মীওইবগী পুক্লুংদা চিংনিংঙাই ওইবা ফত্তবা থোদোক কয়া থোকচিল্লকপা আসগুম্বগী নিংথম থাসনা মতম শাকলবদা লৈপাক নিংথৌগী অগংবা ওইগদবা লৈতে অসুম্বু অচুগুম্ব লৈপাক অচুদা লৈবদা সুংঙাইফম থোক্কে। অরানবা ফত্তবনা অস্তুম অসুম হেনগৎলক্তুনা অচুম্বগী তুংনকম লৈবক্ত্রবা মতমদা অরানবনু মাঙহল্লবা অচুম্ববু মোকখৎনবা তাই-বংপানব মপুগী শাওশ্বা নালেন খোংদাবীরকই হায়বগুম মতম অচুদা লৈপাক অসিগী থাওফম্বু তাই থোকশিনবনবা পৌদাং পাংঙম্ব নিপা অম লাংগোন চাংনা কেনবা লমদা ফাওবখি। নিপা অতুন কলাম্বু নংও লাঙ্গোল লুখোইনা। মায়চৌ লাঙ্গোল লুখোইনা মতম অতুগী লাইহানিং লমচত্তা উরান-কৈবান তোবা, অরান অচুই কয়া থোকখিবা অচুবু অমুক নৌহৌনা চুমথোক্কনা শেম্বীরমই। মহাকী আসগুম্ব পৌদাংবু উবদা লৈপাক মীয়ামম্বু মপুক্কুং ফুংঙাইজে।

ওন্থোকপা লোকফদবা থোদোক অমনা, মতম অতুদা লোং-পোক লাইচি পাংবলম * খুরাই লৈকাইদগী জুনি অমম্বুং নারোং লায়না কৌবা লাই ফত্তবা অনিথক থোকলক্লে হায়না নিংথোদা ম্লাকংলৈ। লাই ফত্তবা অনিনা থোকলকপগী মরমদি লৈপাক অসিবু থুগায়ন্থুনা মাঙহল্লগে হায়বগী থোরকপনি। অন্থুবু লৈপাক নিংথৌগী লাইনক ফবম মায়চৌ লাঙ্গোল লুখাইগী চকুপবা মক্তিক ময়াইনা জুনি নারোং অমবু শক্তম চনশিনখ্রে. মখোয় অনিগী মপাঙ্গল হৈখিদ্রে। লৈপাক মাঙ্গতনগে থোরকপা জুনি-নারোং অনীনা লৈপাক মাংতম্নবা মপাঙ্গল লৈবক্তবদা, মাঙহল্লবা তোঙন-বগী মতম্তা লৈপাক নিংথৌগী য়াইফনবা থোরম কয়াবু নিংথৌদা লোকলককলে। জুনি-নারোং অনিনা নিংথৌ হৈরেংবদা "কুমঙ্কা কুমঙ্কা ওইবকপদা নপুথৌ ক সন পাথংববু [1] সাইবা লৈকাংথক্তে মেরা মেন তৌংহল্লো, অতাই ঈরাংচোম, হৈক্রুহিদোংব, [2] থানিং মিকোল্লো, [3] মানবি হৈরোমকাও চাংথও শলাই মানবু মবোং চৈগা তমনা কংলৈ শা ইন্থুনা য়োই ওকও" হায়না হায়বল্মী।

---

* খ্বাই, য়াইস্কুল, খুরাই, ব্রাংখৈ মরি অসিবু লৈকাই মরি হায়না খঙনবমই। মরি অসিগী লুচিংবা অমমম হাপই, মখোয়বু লৈকাই লাকপা কৌই। ১ সনামহী পাথংববু ঈরাং থৌনিবগী থৌরম অমনি—(মেরা মেন তৌংবা,) ২ মীওইবনা তাইবংপান্দা কাওরকলবা মতমদা চৎনলোন খুমলোন ঈরাং থৌরম পুম্নমক থোরকই মাত্রবু থানিং মিকোনবা কোহ—(থম্বোই য়াংঙোই শেকনিং) ৩ তাইবংপানবা মপুগী মমি য়েংদুনা তাইবংমী শেমখিববু মানপা লৈলোমকাও চাঁথং শলাইমান কৌবনে হায়না হৈর— (সলাই তাগাইলোন)

অসিনা নত্তুনা লৈপাক অসিগী লাইফম-তৌনফম, ঈরাৎ-থৌনি কয়াবু পাকনামলগা লাই যাত্তুনা অনিমক মাগী মাগী লোইশিন-ফমদা লোইশিনখ্রে। ঙসিদি নিংথৌগী স্নেহাঙ গমাংদা কুঙপাক্লা নন্দুনা থাগাখ্রে। মতোং অসিদা পালচৌখংবা রাফম অমনা 'স্নখোঙ গমাংদা কুপ অম থাম্লিন, অতুগী মথাদা হুনি মারেংকা তাকপা লমচলগা'' হায়না কুশুলোন পল্লাল কোবা লাইরিক অহুদ, হরমই। অহুনদা ... মথক্তা পনখ্রব, খুরাই লৈকাইদগী হুনি-মারোং কোবা লাই কত্তবা অনিমা লৈপাক মাংহনগে হায়দুনা থোরকই হায়বা রাফম অসিদি; মতম অহুদা লাইনিং লম্বীদা অরানবা কয়া থোকহল্লকপা, চৎনরোল খুন্নোনগী ওল্লৈতনবা থোরম কয়া পাওথোক্লবা হোৎনরকপা অসিনাচংবা লৈপাক মীয়াম্না পামদবা কয়াবু নমদুনা চৎহনবা হোৎনরকপা অমদি মীয়াম্না হায়জবসু থৌওক্তনা তাবরক্লবদা নিংথৌবু অচুম্বা মাইকৈদা পুশিল্লকপা য়ানবা হায়দুনা, নিংথৌনা থরখিং ইকাইথুম্নবা লৈপাককী মায়চৌগা লৈপাক মীয়ামগা তানদুনা অরোনবা থোশীল অমগী মথাদা, হুনি নারোং কোবা লাই অনিথক লৈপাক মাঙহল্লগে হায়না থোরক্লে হায়বা তোকপা অমা শান্দোকলম্ব ওইরম্ব তাই হায়বাসি কুঙলোন্দা ইরগালবা রাফম অসিনা তাকলে। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু হুনি মারোংকী রাফম অসিনা মরম ওইদুনা লৈপাক নিংথৌ য়াইফনবা থৌরম কয়া শিনখি অমসুং লৈপাক মায়ামগা নিংথৌগা পুকচেল থোয়জেল তিল্লনা পানমিল্লনবগী খুদোংচাবা ফংখি। হুনি নারোং অনিনা তাকলম্ব মতুংইল্লা নিংথৌগ ইরেংবগা মায়চৌ

লুখোইগা অনিমকস্তু লৈপাক মুংঙাই য়াইফনবা খোয়ুম লাইরক-চনগী পোৎলম চৈরম পুম্নমক লাংথুনা থৌরম কয়াবু মখৎশিংনা পাঙথোকখি হৈক্রুহিদোংখি।

মতৌ অমুম্না নিংথৌ ইয়েংবগী সনা হাক্তক্তা পাঙথোকখিবা হৈক্রুহিদোংব অসি চহি কুমজা খরদি কায়র্ফদবা ওইনা পাঙথোক্লরমলবস্তু মতুংদা নিংথৌরোল কয়াগী হাক্তক্তদি কাওথোক্লম্রে। ইয়েংবগী মতুংদা নিংথৌ কয়া কয়া পানম্রে অমসুং মাতুগ লোয়ননা লৈপাকক্সু অহোংবগী য়াওন কয়া ওল্লক্রে। মতমনা পুরকপা থিং-ঙমদ্রবা য়াওন্না, পামহৈব নিংথৌগী সনা চাক্তক্তা, লৈপাক অসিদা রামানন্দি ধর্ম্ম চঙলকলে। গৌদিংঙু পামহৈব সনা হাক্তক্তা রামানন্দি চঙলকপা অসিনা মীতৈ লৈপাকী লাইনিং লম্বী হোংহল্লবগী রা-হোদোক ওইখিবা অদুনা মথং মথং চথরক্তুনা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী হাক্তক্তা লাইনিং লম্বীগী মপুংফাবা অহোংব অম থোকহনখি। মাসিগা লোয়ননা মীতৈবু আরিয়ানাইজ তৌনবা খোশিল কয়াসু শীনখি। হান্না লৈজরম্ব লাইনিং লম্বীনা লৈখা তারকলবদা মাতুগা মরী লৈননা পাঙথোকলম্ব লায়রোনগী থৌরম কয়াদি করিগী লৈখা তাদনি। চুমনা লৈখা তাবতা নত্তুনা, অনৌবা লাইনিং লম্বী হোংলকপগা লোয়ননা অরিবা লায়রোলগী থৌরমশিংবু থওই-নরক্রে, অমসুং হন্নবা কাংলুপকী থৌরমগুম খন্দুনা ছনলান্নবা কাওবা য়াওমরক্রে। পুম্নমক অসিনা মরম ওইরদুনা কাংলুপকী তোপতোপ্না শক্তম অতু মাঙখিদুনা হেন্না চাওবা কাংলুপ অমদা লুপশিন্দুনা মাঙখিব য়াবগী মখিস্তু মশেম মরাং তমলকলে। অপান্নমা

ফজৈ, পাজবনা লাইরে হায়বা অহুনি ; লৈপাকস্তু নিংথৌস্তু খাজবা অমগী মখাপোম্না মতমমা পুরকপা অহোংবা ঈচেন্দা অমুম তাওথাঙ্খিবনিদনা।

মতম অত্তু য়াম্না লুবা মতমনি। ত্তোনিংবা থবক পাক হেক ত্তোবা য়াদে। লৈপাক নিংথৌগী অপাম্ব অতুগী ফোরোই য়েংঙ্গনা ত্তোহৌজবদি খুদক্তা পুমসি চংজেন লোইশিনহনথিবা য়ারিবনি। মরৈবাকপু নুংশিজবা মজাতিগী কলচর অমম্বং মাতুগা মরী লৈনবা থৌরম কয়াবু য়োকখৎচনিংবা কনাগুম্বনা য়াম্না হৈ শিংনা চংহৌজনাদি মামা পাঙথোকে নিংশিবা থবক অত্তু পাঙথোকপা ঙমহৌরোইদৌরিবনি অমম্বং ফিরেপ হৈহৌজবদি নিংথৌ শেম্বগী চৈথাক ফংগদৌরিবনি অমম্বং লৈপাক ঈরাং হৌগদৌরিবনি। ইফ ফবা রাফম ওইরবম্ব ঙাঙথোকপদা খোনফম ফজরবদি তারিবা মানা শাওনিংবা মহৌশানি। অসিগুম্ব লুরবা মতাং অসিদা মীতৈগী লায়রোনগী থৌরম কয়াবু মাঙখিদনবা য়োকখৎপা পাম্বা, অমগীস্তু অমগীস্তু কায়দনবা শীনবা ঙম্বা, মরৈবাকপু লুংশিবা পুকচেল চাওবা গীওই লৈরমদবা মত্তে। নিংথৌগা হকথংননা লৈপাক রায়েম থৌদাগী শরুক য়ারম্ব, ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতোম ইবুংঙো নোংপোকলৈরিখোম্বনা মীতৈ লায়রোনগী থৌরম কয়াবু য়োকখৎনবা থৌদাং লৌখি। থিংবা ঙমফম থোক্তবা মতমনা পুরকপা অনৌবা য়াওন অমম্বং মাঙখিগদবা পাম্বা মীতৈ লায়রোনগী ঈরাৎ থৌরম কয়া, অনি অসিবু তাইশিনহনা অরি অনৌ উত্তাই শেমহনা অরিবম্ব মাঙদনবা অনৌববুম্ব তাখিদনবা হোৎনবনা

য়াক্নরিবা থৌদাংগী থৌশীল ওইরম্মী। অরিবা ঈয়াৎ থৌরম কয়াবু নোংহৌনা থিগত্তুনা পাঙথোকপদা খুদোং চাননবা অমদি মচা ঈঙো ভাগ্যচন্দ্রগী কংলা সনা কম্বালবু লৈকননবা হায়দুনা নোংপোকলৈরিখোম্বনা (অনন্তশাইনা) সনা সগায় লাংথবাল খোয়মচাং থরোলোক্কগী হোংগৎলক্কুনা খ্রীঃ ১৭৬১ শুবদা খ্বাঈ নোংজেং পিবানা কোনবা লম, কুগজা লাকয়েন ভাইফমদা হৌজিক্কী বিজয়গোবিন্দনা কোল্লিবা লম অসিদা লৈখি। লৈবাক্কী ভীলখোঙ-লাইখোঙ থিগত্তুনা লৈবাক নিংথোগী য়াইফনবা ঈয়াৎ থৌরম কয়া পাঙথোকশ্রে অমম্বুং কাওনক্কুনা লৈপ্রবা তালফম লাইফম কয়াম্বু শেমগৎলে। অরিবা শেমগৎপগা লোয়ননা নি থৌনা পাঙ-থোকপা অনৌবা থৌরম কয়াদম্বু মাঙজিন থাবা তেংবাংবা অম ওইনা সেগা মাইগা হায়না ব্রাভানিংঙাই ওইরক্লে। অম্মুমনা লৈবাক নিংথৌগী য়াইফনবা থৌদাং কয়া পাঙথোকপগীদমক বিজয়নাথগোবিন্দবু সেবা চৎপীয়ু হয়না ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মতোন ঈবুংঙো কম্বাল পুকফবা * মৈদিংঙু নোংপোক লৈরিখোম্ববু ইকাইখুম্নবা উৎখি। খ্রঃ ১৭৭৯ হিয়াঙ্গৈ থাগী তরানিথোইনি পানবা

* মিয়াৎ কৌবা লাইরিক্তা অম্মুমনা ইরি 'ভাগ্যচন্দ্রনা নিংথৌ ওইববদা ঐগী ঈমাঙদা নিংথৌ ওইখিবশিংবু কম্বাল কারমত্রিএ মথোয়বু হান্না কাহমসে। গৌরশ্যামবু কাহল্লে করি উবা হংবদা করিস্নু উদে হায়এ মন্ত্রি লৈরিখোম্ববু কাহল্লে করি উবা হংবদা করিস্নু উদে হায়এ।" লাংদাই লৈশেমলোন কৌবা লাইরিক্তা

লৈবাকপোকপা লুমিত্তা বিজয়নাথগোবিন্দবু সনা কোমুংদগী লেঙ-থরকলগা মল্লিরদা লেঙশিনর্ক্রিহৈগী মমাংদা হিথক্তা লেঙথক্না, হৌজিক্তী বিজয়গোবিন্দ থাঙপাং হায়না থঙনারিবা থাঙপাং অসিদা, পুযা ফাক্তুনা লায়রোনগী হোনবা কায়দগা হৈক্রুহিদোংবগী থোরম্মু লাঙথোক্লগা মল্লিরদা লেঙশিন্দুনা লেবা চৎপা হোখি। অহানবা পাঙথোকপাদ বিজয়নাথগোবিন্দবু লেঙথখিবা লুমিৎ অসিদা পাঙ-থোক্লবস্থু মথংগী চাহদগীদি ময়ুং মকেন, লাব অমোম শক্লবা লাংবম থাগী তম্মামখোইদা পাবদা লুমিত্তা পাঙথোকলাসি হায়না মতোন ঔবুংতো নোংপোক লৈরিখোম্বগা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগা লাঙমল্লা লেপ্লখি।

* 'চেথাপা কোনোককোয়াম্পাকী কুম শকাব্দ ১৬৭৫ ফাহয়েন মত্তাম পনবা শকোমথেল লুমিত্ত নোংপোক লৈরিখোম্ব অমত্তগাই রায়েন কয়া রাকাওপ পুমৈন লাংচেং শাকাপনা কলা মেনতা ফঅএ। মপুঙদা থা ৯ থাজনবদ, চাহি ১ পাল্লগএ” হায়না হায়। নোং-পোক লৈরিখোম্বনা কংলা মেন্দা ফম্বাসি ভরতশাই ভাম্বোকলগা ফম্বনি। নিংথৌ আসনা কঙলা মেন্দা ফম্বাসি গোরশ্যাম অমম্মুং ভাগ্যচন্দ্রগীদমক্তনে হায়বগী রাফমম্ব হায়, মরম পুম্নক অসিদগী মৈদংতু নোংপোকলৈরিখোম্ব অনত্তগাই হায়বান। শগাই ফম্মাং কোথা লাইহিক্তা নোংপোকলৈরিখোম্বগা ঔবেম্মাশংগী মিং হবদা "নাওরোইবগ চন্থু শ্রীমতি" হায়না হমগই। নোংপোকলৈরিখোম্বগা ঔবেম্মশিংগী মমুংদা শ্রীনাও কোবাদ য়াঙদে অদুগা নাওরোইবম চন্থু অসিগী মামংম্মু লালতা কোই। মতম অদুদদি শ্রীমাত হায়

মডো অসুমনা নিংথৌ ইরেংবগী সনা হাক্তক্তা লৈপাক নিং-থৌগী য়াইফনবা পাওথোকখিবা হৈক্রুহিদোংবা, মখা তারকপা নিংথৌরোল কয়াগী মতমদা পাওথোক্লকপবসু মোংপোকলৈরিখোম্বনা অমুক নোংহোনা থিগত্তুনা, বিজয়নাথগোবিন্দবু শগোলবন্দদা লেং-থহনা লাংপা হৌখিবা চহি অহুদগী অমুক পাওথোকখি। মতম অহুদগী হৈক্রুহিদোংবা অাস চহি খুদং কায়দনা অসুম চথরক-লিবান। তোবতবু অহানবা পাওথোকপদা হিয়াঙ্গৈ থাদা পাও-থোকাখিবহুনা মথংগী চহিদগী লাংবনগী ১১ ন পানবদা পাওথোকখ্রে ; মাহুদগী থো জককাওবা লাংবনগী ১১ নি পানবদা তৌরিবর্সিনি।

হৈক্রুহিদোংবা হায়রগা, হি থাবক্তা লাই লেংশল্লগা ঈশৈ শকপা, পুংয়েবা, মোইবুং থোংবনাচংবা তিন্দুনা ইশৈ শকপা, পুং য়েবা, লাই আরতি কৎপা, তেংমাইলেপ্পা, হিনাও শাবনাচংবা হিরোইশংনা মাগী মাগী ফজেৎ লৈতেং লেৎতুনা হিহোনবা, মীয়াম তিনবা, মাইকৈ অমনা থোহখিবা, মাহকৈ অমনা পোখিবা থোহাখিবা মাহকৈদা য়েংবা মীয়াম্না নুংঙাইবা, অপোবা মাহকৈদা

---

* বসি মহারানীদা মহাপৈন অদুনা শঙাহ ফম্মাংদা লালতা হায়ব মিং অাস লোথোক্লগা মহারানা মিংথোল থঙনবা শ্রীমতি হায়ব রাহৈ আসতা হাপলমখিবা আসনদি কুপনা থিজিনবা কনাগুম্বনা নোংপোকলৈরিখোম্বগী ঈবেম্ম অসি মহারানী ওইরমবোইরে হায়ব থঙমমু, কুপনা থিজিনজত্রগনা শ্রীমতি আস নাওরোইবম চনু আসগী মমিং ওইরমাগ্লে হায়না লৌসমু হায়বগী মওংদা লৌ হাপতুনা ইরম্ম মাল্লি।

য়েংবা মীয়ামনা মমাই মকাশিনবা, গ্রোং গ্রোং, জম জম হায়-বনাচিংবা মখোল, মীয়ামনা লাওবা, অদুতবু ওইনা চহি খুদিংগী উরি। তৌইগুম্বস্নং খর কুপতক থিজিল্লুবব'দ মথক্তা হায়খ্রিবা অসি নত্তবা লায়রোলগী থৌওং কয়াম্ভ লৌরি। হৈক্রুহিদোংবাদ হি তাম্নবা মতম অদুতদা হৌবা নত্তে, হি তাম্নবা সুমিৎ অদুগী নোংম রাংলিকৈগী নোংঙাল্লমদাইদগী হৌখ্রবনি। হৈক্রুহিদোংগদবা নোংম রাংলিকৈগী সুমিৎ অদুগী নোংঙাল্লমদাই তু উরকপা মতমদা ঙানখক তেংনৌ শাবগী মসুংদা সনা কোনয়াই লুপা কোনয়াই হাপলগা, হি তোংগদৌরিবা (তেংমাই লেপকদৌরিবা) অদুনা বিজয়গোবিন্দদা কৎকনি। হি তাম্নগদবা সুমিৎ অদুদনা হৈক্রু ১০৮ না, মরক মরক্তা তুপ মপোপ অমমমনা থম্লগা লেংবা পরেং অম, খুৎনা খোকপা চেং ১ক্ক ১০৮ না লেংবা পরেং অমগা পরেং অমা অসি বিজয়গোবিন্দদা কৎকনি অদুগা। হি অদি অদুগী হিরুবাক্তা অমমম শিজিনবগনি। য়েৎলোমথংবা হিদা হৈক্রু পরেং শিগপ্রা, ওইরোমথংবা হিদা চেং পরেং শিগজ্জা। হায়বা হৈক্রু অমস্নুং চেং পরেংগী ওই য়েৎ নাইনা শিবগী রাকম অসিদ হৈক্রুহিদোংবা থোকলিবা সুমিৎ অমস্নুং সুমিৎ অদুগা পুংফম মতুংইন্না ওই-য়েৎ লেপকনি। হৈক্রুহিদোংবা সুমিৎতা হি তাম্ন-দ্রিকৈগা মমাংদা খাবক লাকপা হিগী মথক্তা বিজয়গোবিন্দ লেংখৎলগা হিদেনতাফম খুদংদা লেংগনি; মাশিবু লময়েংবা লেংবা হায়না খঙনৈ। লময়েংবা লেঙবা লোইরবা মতুংদা হি খাবক অদু নোংপোক চীংথে পাংবরোমদা হি থাংজ্জুনা লৈগনি। অসুম্বা

হিথাংজুনা লৈরবদা হিডোংবা অনি অহুনা মাগী মাগী হিগাশঙদগী হি হোল্লক্লুনা লাইদা অথেমপোৎ কৎকনি। হিডোংবশিং অহু মাগী মাগী হিগাশঙদা ভাইহাক্তং পোথারগা হি তান্নবা হৌমবা লেম-শাগনি। অহুদগী হি অহু হিথাকম তান্না হোল্লগা হি তান্নবা হৌগনি। হৈক্রুহিদোংবগী হি তান্নবদা হি অমদা তোংগদবা মাশক্তি তেংবাংলেম্না অম, মহাক্না হেক মতুংদা চংশাবা হায়দনা তেংবাং লেম্না নিপা অহুবু শেমবা নিপা অম লৈগনি। চংশাবা অহুগী মতুংদা মৌক্লংবা হায়দনা নিপা অনি অম লৈগনি। মখোয় অনি অহুনা হিনা কন্না চেল্লকপা মশগদা হিক্লবাকী মথাদা হিং-মায়দা ফু জল্লকপা ঈশিং ঈপোম অহু থাইদোক্লুনা হিগী থোঙজেল্দা অপনবা, পাদনবা লেংনগনি। মখোয় অনি অসিনা হি চুমনা চেলহনবদগী থরংথৈ নত্তেং পাংহ। হিনাওবোনথংবদনা হিনাওশাবা অম লেগনি। হি তান্নবদা হিনাওশাবগী মখোই অনি মান্ন, মরু ওইবনি। মৌ ওইদুনা হি হোনবা মাওদোম হায়ববু মহাকী মৌ খুৎপায় মতুংইন্না হি মাংহনব তপাখনবা মাই। অহুদা মতুনা অতোপ্পা তান্নারবা হি অহুগী থোঙজেল্দা থুরো চেনহনগে হায়রবসু মহাকনি। হিনাওশাবগী হেক মমাংদা মাওমাঙশাবা হায়ব নিপা অম লেগনি। মহাক্না মখোয়দ হিনাওশাবগী মতেং পাংবনি। অম্মা হি অমদা য়াওরিবা তেংমায়লেম্না, চংশাবা, মৌক্লংবা ২, হিনাওশাবা, মাওমাঙশাবা মখোয় অসিদি ফশেৎপা মী তাক্লনি হায়বদি মখোয়দি শমাজম চিনগনি অমস্নুং নিঙথম শেৎকনি। মখোয় অসি মতুংবা নিঙথম শমজিন চিনদবা হি হোন্নবা মী থর য়াওগনি,

মখোয়বু হিরোয় হায়না খঙৈ। হি অমগী মনুংদা তেংমাইলেপ্পনা ঙাইদগী মরু ওইবনি। তেংমাইলেপ্পা য়াওদনা হি তান্নবা য়াদে। হৈক্রুহিদোংবদ নিংথৌ বিষ্ণু য়াওগনি। করিগুম্ব নিংথৌনা লেংলকপা ভগদ্রবস্থ নিংথৌগী পোৎলোই শমপোৎ থাদুনা থমগনি অমসুং বিষ্ণু লেংশিনগনি। নিংথৌগীদি, হৈক্রুহিদোংগদবা নোংম রাৎলৈঙৌগী খুমৎ অদুদা মায়য়োকথাফম কৎতুনা হৈক্রুহিদোংবগী পাউ তাক্কনি। মাইয়োকথাফম কৎপগী মওংদি কা মপুম মঙা অমসুং মনা মপুম মঙানা হৌনবী কায়দনা লাথোনমচিংবা হাপতুনা শেমগনি। মসিদি বিষ্ণু অমসুং নিংথৌ অনিগী শুপলবনি। অসিগুম্ব মওংদা মায়য়োকথাফম কৎপসিনা কষ্টয়গী হৌনাবনি।

হি তান্নবা মতমদা, অহানবদা করম্ব হিনা থোইবগে হায়বা অদু য়েংগনি। হৈক্রু পরেং শিবা হিনা থোইরগা হৈক্রুনা থোইবনি হায়না লৌগনি; চেং পরেং শিব হিনা থোইরগনা চেংনা থোইবনি হায়না লৌগনি। হৈক্রুনা থোইবা চেংনা থোইবা অমসুং অহানবা তান্নবদা থোকখিবা থোদোক কয়াগী মঙ্গইন্না, অথঙবা অহলশিংনা, লৈপাক্কী ওইবা কুম অদুগী অফ ফত্ত থোকলকপদবা অদু খঙৈ।

হৈক্রুহিদোংবগী থৌরম অসিদা মীয়াগনা য়েংনিংঙুনা লাক্রিবা মরু ওইবা মিৎকি কুপ্নৈদি হি তান্নবা অদুনি। থর কুপশিন্না য়েংবা হিরোল খঙবা মীশিংগী মফমদনা হিনাওশাবা, নাওমাং, নোক্লংব, চংশাবমচিংবনা তৌরিবা থোদৌ অমসুং হিরোই-

শিংগী হি মহোম অদুনি। অসিগুম্ব মিৎকী কুশ্মে ওইরিবা অসিদি হৈক্রুহিদোংবগী শরুক অমত্তনি। মাসিগী শরুক অসিদি কুশ্মে-কিয়োংগী মওংদা মনিপুরগী মফম মফমদম্ব পাংথোক্লরি অমম্বুং সনা কোম্বুংদা নিংথৌগী হিয়াং তান্নবা হায়দুনম্ব তান্নরমই অদুনা মপাম্বোংগী ওইনা য়েংলগদি হৈক্রুহিদোংবম্ব হি তান্নবা হিয়াংম্ব হিতান্নবা, অনিমকসি ইশান মমান্নবগুম মগুই। অদুবু মথক্তা পমগ্রবা হৈক্রুপরেং, চেংপরেং ভাষ্টিক কৎপা, হিদেমতাফমদা লাইনা লময়েংবা লেঙবা পুম্নমক অসি য়াওদনদি হৈক্রুহিদোংবা কৌবা য়দবনিনা হিয়াংগা হৈক্রুহিদোংবগা খেন্নবা খর লৈ। অদুগা হৈক্রুহিদোংবদদি নিংথৌগী হিয়াংদা তৌবগুম্না হিনাওদা মী মকোকনচিংবা খেৎপগী রাকম অদু লৈতে। মরম অদুনা হৈক্রুহিদোংবা হায়বসি চুমনগী মিৎকী কুশ্মে ওইবতা নতুনা মম্বুংদা রাহন্থোক পাউথুম লৈবা থোরম অমনি।

হৈক্রুহিদোংবগী থোরম পাওথোকফম ওইরিবা থাঙপাৎ অসি মমাংহৈগী মতমদা ভুবি ঈরেল কৌনা ঈরেল অম ওইন লৈরমই। মমাংহৈগী মতমদা ঈরেল ওইনা লৈরমই হায়বগী খুদম অসি মিৎনা উপ্রবা পোৎনি। খৃ: ১৯৫৯ দা মনিপুর গভর্ণমেন্টকী মভেং লোঠুনা থাঙপাৎ অসি তৌখিবা মতমদ, ফুট ৮ লুনা তৌথরকপদা লৈঙোই অমম্বুং লাইথি য়াম্না কংখি। মাসিনম্ব মমাংহৈদা থাংঙপাৎ অসি ঈরেল ওইনা লৈরম্বদগী থাংঙপাৎ ওইনা শেমদোকখিবা ওইরে হায়বদু থঙবা ঙমই। বিজয়গোবিন্দ থাঙপাৎ অসিগী মরীদা ইতিহাসকা মরী লৈনবা

রাজী অংম্ব লৈরি। থাংগপাৎ অসি ভুবি ঈরেল কৌরম্বদগী অমুক মোইরাংলৈম হায়না মমিং পোনখি। ভাগ্যচন্দ্রনা মনিপুরগী নিংথৌ ওইরবা মতমদা খেলৈম্নুংনাংবু (খেলেম্ব) মোইরাংগী নিংথৌ ওইহনখি। করিগুম্ব থৌশাল অমগী মতুংইন্না মোইরাং নিংথৌনা ভাগ্যচন্দ্রগী মফমদা লম খর পীবিয়্ন হায়না লমনিবা লাকখি। মতোন ইবুংঙো নোংপোকলৈরিখোম্বনা লম পীফম পোক্তে হায়বদগী ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা লম পীথিজবদা খেলৈ-ম্নুংনাং অসিন। অরা নিংথৌগী মফমদা হায়জরুক্তুনা অরানা মনি-পুরদা লাল তারকখি। লাল অদুদা থুদোংচাদবা খর লৈখিবদগী অরানা মনিপুর খুত্নম চনশনখি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ লানজেন-মাঙ ওইমখি। অদুগা মতোন ঈবুংঙো নোংপোকলৈরিখোম্ববুনা ক্ষারগা কুরাউহং চন্দুনা মোইরাংদা কৈশুমশঙদা থমখি। অদুবু লাইবক ফবদগী খেলৈম্নুংনাংগী মজাঈবেন্মমা অরোনবা খুজিম থোরাং অম শীন্দুনা নোংপোকলৈরিখোম্ববু কৈশুমশঙদগী নাম্থোক-তুনা চেনখিনবা তাঞ্জ অম ফংহনখি। অম্নমনা কৈশুমশঙদগী নাম্থোক্তুনা চেল্লকলগা নোংপোকলৈরিখোম্বনা মচা ইঙো ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌগা শঙাইথেন্দা উন্নতুনা, অরাবু মনিপুরদগী তাম্থোক্লবা থোরম শীনখি। মনিপুরদগী অরা তাম্থোকথিতুনা অমুকহন্না লৈপাক নিংথৌ পাল্লে। মতম অদুদা, মাইরাং চন্নু অদুগী অরোনবা খুজিল থোরাং মংলমজ্ববদি বিজয়নাথগোবিন্দগী সেবা ফংজবা ঙমজরম-লোইদকো হায়বা রাখলনা নোংপোকলৈরিখোম্বগী হকচাংদা তুজুং-মানজুংবা পোকহনখি। বিজয়নাথগোবিন্দগী সেবা ফংজনবগী

মরম অম ওইখিবা মোইরাংচম্বু অচুম্বা তৌবিমল থগুবা উৎপা ওইনা, মোংপোকলৈরিখোম্বনা মথোদাং পাঙথোক্লবা হোৎনবদা তুবিজৈরেল কৌরম্বদগী শেমগৎচরক্লবা থাংগপাৎ অসিবু মোইরাং-লৈম হায়না মিংথোনখি।

হৈক্রুহিদোংব অসি চুমনগী মিংকৌ কুম্মৈ অম ওইবত্তা নত্তনা মীতৈগী লায়রোলগী ওইবা মঙুংদা রাহস্লোক পাউখুন লৈবা থোরম অগন হায়ব অসি মথক্তা হায়ব্রে। থোরম অসি পাঙথোকপদা চঙদবা য়াদবা ওইনা লৈরিবা ঙাম্নক কৎপা, হৈক্রুপরেং, চেংপরেং, লাইনা লময়েংবা লেঙবা অসিনচিংবা পুম্নমক অসি লায়রোনগা মরী লৈনবা মঙুংগী অর্থ লৈবা ঙাক্কনি। অহানবদা হৈক্রুহিদোংগদবা নোংম রাৎলক্তে সুমিৎকী নোং-ঙাল্লমদাই তু উরকপা মতমদা ঙাম্নক তেংনৌশাবগী মঙুংদা সনা কোনয়াই লুপা কোনয়াই হাপতুনা বিজয়গোবিন্দদা কৎপনা হী য়াই পুম্নমকী থোক্লফম ওইবা মালেম লৈম অসিবু তাইবংপানব মপুগী থোজাল্লা শেম্বীরকপনি অমস্তুং অহুগুম্ব মপু মহাকী লৈশেম নোংশেম্বগী মতিক ময়াইবু তাইবংচা ঐখোয়না খঙজরে হায়বা উত্তুনা বিজয়গোবিন্দদা খুরুমজবনি। হৈক্রুহিদোংবা সুমিত্তা, হি তাল্লাদ্রৈভেগী মগাঙদা হি থাবক মথক্তা বিজয়গোবিন্দ লেঙখৎলগা হিদেনতাফম খুদিংদা লময়েংবা লেঙবনা—তাইবংপানবা মপুনা কুরুমচৌংদগী শল য়োংমামবীগী শক্তুম লৌহুনা; অতিয়া শিদবা, অশীব অগস্তুং পাখংবা, মচা অহুমগী হিদেনদা তাউথরকতুনা, মচা অহুমগী মঙুংদগী করম্ব মচানা তাইবংপানবা মপু, মপাবু মশক

খুঙবগে হায়দুনা য়েংখিবা অমম্মং মচা অনিনা গপাবু মশক খুঙবা ঙমদদুনা মখোয়গী হিদেনদগী ঈস্থোকললকলগা মচা অতোনবগী হদেন, কংলৈ ফিগায়মদা তাউথরকপদা মচা অতোনবনা মপান্নি হায়বা খঙদুনা, শল য়োংমানবী ওইনা তাউথরকলিবা মপাবু লৌশিঙ্খ্রদুনা কৌনবী মথৌ মঙম পাংথোকখিবগী লায়রোনবু উৎ-পনি। ফিদা তোংকিবা চংশাবা, নৌকুংবা অনি, মাঙমাংশাবা অমম্মং হিরাওশাবা নিংথম শগাজন চিনবা মঙা অদুনা, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎমচিংবা ময়াই মঙাবু তাকপনি। অদুগুম ময়াই মঙা অদুনা পুল্লগা য়াইবী অম থোক্লে অমম্মং মদুনা মরম ওইদুনা তাইবং মশক লেপ্লে হায়ব অদু তেংগাইলেপ্পা হায়না খঙনরিবা, হিক্রুবাক্তা তোংলিবা অদুনা উৎ'ল। তেংবামবা মপুগী রাথল মতুং ইল্লা তেংপানবগী থৌরম লাংলম্মু মাইয়োক য়াদুনা মথৌদাং পাঙথোকপ গুম্ব মশক অদু লেপ্লে হায়বগী তেংগাইলেপ্প কৌবনি। অদুনা হি অমম্মং হিদা তোংলিবশিং অদুনা লৈশেমলোনগী তাইবং মশক লেপলকপগী লায়রোল অদুবু উৎপনি। লাইহরাউবগী হোরকপদা লাইথেমগৎপা মন্ত্রগা লাইলোখৎপা হায়ব অদুগী মতাংদা ফিরী কানবা হায়দুনা লং অহিংবা তিংদুনা ঈশিংদগী লৌথৎললকলগা হিজং হিরাউখোন লাউদুনা পুখৎলকলগা, লাই মশক লেপলবনি হায়-দুনা লাইশঙদা লেঙশিন্দুনা থম্ব অদুগী থৌরম অদুনম্মু রাকম অসিবু শোগৎলি। অমুম্না তাইবং মশক লেপ্পবদা, তাইবং, মপান

মরা তাহন্দুনা চাদা নাওদা শন্দোকপা ঙমজনবা অমদি তাইবং থোদাংবু পাওখোকপা ঙমজনবা, তাইবংপানবা মপুমা মহাক্কী মতিক ময়াইবু তাইবংদা কুবিরকই। অদুগুম্বা মপুগী মতিক ময়াই অদুনা তাইবং হকচাং সুংদা লৈরববা মতমদা হৈ-জৈ কায়না শঙনৈ। অসিগুম্ব হৈজৈ 'আসদি তাইবংপানব' মপুগী মতিক ময়াই ওইবনা মথেং তাখিবা লৈতে অমসুং চারোল শুরোলদা মথং মথং পরেং শানা অসুম তাংথকুনা লৈবনি। তাইবংপানব মপুগী থোজায়া তাইবংদা কুবিরকপা, চারোল শুরোল খুদদা পরেংশানা অসুম তাংথকুন লৈব, হকচাং সুংদা লৈবা হৈজৈ অদুগী শক্তম্বু হৈক্রু পরেং অক্তুনা উৎলি। অদুগুম্ব হৈজৈ অদুনা পম্বৌ জৈপদগী যুথরক্তুনা ইমাদ থুংলরে, জৈমাদগী তাইবংপানবদা কাওরক্লে। অসুম্ব তাইবংপানবদা পোকলক শাৎলক্লিবা শংনা তাইবং পুন্সি লৈনবা ঙমজনবা অমসুং পুন্সি অদুগী মসুংদা তাইবং মথোদাংবু পাওথোকপা ঙমজনবগীদমক তাইবংপানবা মপুন তাইবং 'চঞ্জাক তম্বীরকই। অদুগুম্ব তাইবংপানবা মপুনা তম্বীরকপা তাইবং চিঞ্জাকপু চেং পরেং অক্তুনা উৎলি। মরম পুম্নমক অসি লৈবমা হৈক্রু হিদোংবা হায়ব অসি চুম্নগী ইচমচম্ব মিৎকী কুম্মৈ নত্তে, মীতৈগী অমিবা লৈশেমগোন তাইবং মশক শেমলকপা অমসুং হকচাং শাগৎলকপগী লায়রোন অক্তুবু থোরম ওইনা, পুথোক্তুনা কুম্মৈ কিয়োংগী মওংদা উৎথোক্লগা মীয়াম্বু খঙহনবা হোৎনবনি।

অসিগুম্বা লায়রোনগা অচেৎপা মরী শমন্নিবা থৌরম কয়াবু উজরগা, মীতৈ লায়রোনগী অতাঙবা রারম কয়াগী লীখুনবু খিরক্ন না। ঐথোয়গীদি অসি ওইরে হায়ব থওজসমু মতাংগুম মৈদিংঙু ইরেংব সনা হাক্লক্ত পাঙথোকখিবদগী মতম কুইনা। কাউমল্লবা হৈক্রুহিদোংববু অমুক নোংহৌনা পাঙথোকপিন্নুনা কুমজা খুদিং কায়দনা চত্থনবা শীনবির-ন্নিবা অমসুং মতমগী অনৌবা ঈচেন্দা তাউখবগা লোয়ননা তপনা ঈংনা অতাঙবা থৌরম কয়াবু পাঙথোকচন্নুনা। ঈপা ইপুগী লায়রোনবু থিগৎচৌ হায়না য়াথং পাউখোন শীবিরম্ব ইপুধৌ মোংপোকলৈরিখোম্বু ঈথুং তয়া মকনা লোয়্ননা থুরুগজরি।

---

ইবগী মতাংদা নৈনখিবা লাইরিকশিং:—

১। লমলেন সাকোক
২। খম্মোই য়াংঙোই পেকলিং
৩। শলাই অমাইলোন
৪। মিয়াৎ
৫। লাংদাই লৈশেংলোন
৬। শঙ্গাই ফম্বাং
৭। ওগ্রি হংকেন লৈশেংলোন
৮। মুঙলোন থম্বাল

